# বাল্মীকি

শীতলজিৎ

অহানবা ফোংবা
১৯৫০ ইং

শ্রীরাসবিহারী সিংহনা ফোংবা
ফ্রেণ্ডস ইউনিয়ন প্রেসতা শ্রীরাসবিহারী সিংহনা নম্বা

স্বত্ব পুস্তক লাইরিক লেংবগীনি ।

মমল মূল্য—২·০০

কথোকপা

তাইবং শেম্বা মপু শ্রীশ্রীরামচন্দ্র

গী

শ্রীশ্রীচরণদা নোম্লুরা

ভক্ত বাল্মীকিগী থোঙ্গুন লীদুনা

"বাল্মীকি"

কৌবা শৈরেং মচাসি

কচ্চরবনি ।

# বাল্মীকি

১

ভারত কোবা লৈম-য়োন হরি-পুক্লিং গুম্‌হৎপু
লৈকোইনুংদি মহাক্কী কোরৌহনগী য়াহৌপুং।
তাইবং মালেম শেম্বগী য়াকা-খোম্থোক্‌ অহানবা।
অছৈরাকপা অহানবা কবি মাগী ওইখিবা।
লৈশৌপুংদা য়াতাবা রাম-নাম্না সুংওনবা।
বাল্মীকিবু হায়নদি মালং-লৈনম ওইখিবা।
গুরু-কোক্‌হন্‌ কোক্লেন-ও নখুয়াদা চংজরি।
খুয়া-উফুল-মরিক্‌'মা পিবিনবা হায়জরি।
তাববুদি হৈত্রিবা ঐগী নাকোং অপংবা।
য়াহে অম-নিদংবু নাকোং-শউম য়ৈরবা।
খোগজগে ননাইনা কবি-গুরু নহাক্কী।
রাম-নাম্না শেংলবা পুন্সি-মতেক নহাক্কী।
অসিমনু নিজগে নহাক্কীদি খোজান্না।
নবুঙোদি রাম-দা খুরুমজবা ননাইনা।
তাইবং শেম্বা মপুনি তোল্ল-তার' ঙাকপনি।
ইপাপ লিশিং লিশিংনা লম্ফুরবা ঐহাক্নি।

## বাল্মীকি

অফ-য়াইথোং চংদুনা ভক্ত-নাক্তা কুল্লুদে।
তাইবং-মালং খোঙ্গাওপোৎ ওইদুনবু লৈবদে॥
পুরুম্-মিংথৈ খংদবা অপংবদি ঐহাক্না।
করি হায়না শোনগনি খংদমথৈ লৈরেনা॥
তুরেল-কাউশিং ননাইনা মালং-ফৌরোই তোরৈ'না।
লৈজরিবা অসিবু থুয়াখাদা থয়োনা॥
নংগী কোলোই অথুম্বা মাপা ইলৈ-লৈতবা।
ইহান-হান্না শক্লম্বা কবি-গুরু থৌজানবা॥
মাগী পুন্সি অশেংবা মতেক অমা শক্কুনা।
পাপকী মকোন্ থম্মোইনুং শেংগে ওসি নিংলেনা॥
তোম্না-নোম্না নিংজবা থুংহনবিগে ননিংনি।
থুংহনবিরোই ননিংনি ঐনা নিংজবতনি॥
মুঙ্ওল্লম্বী অহল্যা নথুয়ানা শোকপদা।
নুং-পেৎ থরাই ফংথিবা তোল্ল ঐনা কাওদেদা॥
চিন্বংনবা খোর্জেঙ্সি চিন্দুমগনি শোইদনা।
নংগী থৌজাল মরিক্না অহল্যানা হিংগুম্না॥
ভক্ত থোইরেন গুহক-নি ঐদি মহাক্-কুমদেদা।
হনুমন্ত অকনবা মাগুম নিংবা ওমদেদা॥
ওইদা-তাবী সীতাবু য়েত্তা-তাবী ওইহনবা।
ইবুংঙোগী ননিংনি কনানবু ওমগবা॥
থৌজ্জাল-হৈবা হাইবদি মরম'দুনা হাইবনি।
নথৌজানবু পংদুনা ঐস্তু নৌনা চংবনি॥

২

গোলক-পুরী সনাপুং কবি চাংবু তাহনবা।
তৌল্লে' ঐগী খোর্ব্জেনা করম হায়না ইশিবা॥
ঋতু-তরুক্ থোগল্লি মপান্-নাইদা মুংঙাইদ্রি।
মরাং-কায়বী উপাল্লি কল্প-বৃক্ষ কৌনরি॥
পুংময়োন্দি মন্নুংদা নিংবদবু থুংহল্লি।
অরাংপবু থংহন্দে মুংঙাই-পাক্তা তাওহল্লি॥
খোং-নোইবনা শিল্পা ওই লৈজরিবী লক্ষ্মীনি।
মবুংঙোদি নারায়ণ পেল্লা নোক্লা লৈবনি॥
অকন্-ফীদা মথক্তা ফম্লল্লনা নারায়ণ।
শরুক-মরি থোক্লবু শায়োল্লিংলে নারায়ণ॥
নিংলকপগা ভৌঙম্বা থংনৈ খ্বাইনা মহাকপু।
রাম-লক্ষণ অমদি ভরত শত্রুঘ্ন মরিবু॥
নারায়ণ্না ওইরকপা অয়েং-পুক্লিং হুখিদা।
লক্ষ্মীদেবী ইবেম্মা সীতা দেবী ওইখিদা॥
মনাও-বুঙো লক্ষ্মণ-না ছত্র থোগল্লল্লনা।
মনাও অনি অমনা চামর কাঁহাই হুমহুনা॥
সীতা দেবী লোইনবা নারায়ণবু উবদা
ওকথি হকথি নারদ বুদ্ধি লৌশিং সুমখিদো॥
থল্ল' থল্ল' মমশল্লক করি তৌনি থংজক্তা
ব্রহ্মা-মনাক য়োমবু চংথি নারদ উক্লদা॥
মফম থংদ ব্রহ্মানা মহাদেব মহেশ্বর

ভাম্নবুদি পুখিদা নারদ কৌবা মুনিবর ॥
অনিঙ্গবু উবদা মহেশ্বর হরাওনা
তরাম তরাম কৌরগা মপাও তাকউ হায়খিনা ॥
শিব-য়াথং ফংঙুনা বৈকুণ্ঠগী থোঁদোকপু
মরিক চুম্না তমখিদা শিব-নাকোং য়োঁনবু ॥
মহাদেব মহেশ্বর। ঐখোইনা লাকপা মরমদি
নারায়ণ-না শায়োনবা করিগীনো হায়নদি ॥
হংঙগেদো হায়ঙুনা চংঙ্গরকপা ঐখোইনি
কোকহনবিয়্ন চিংনবা চংজরিবা ঐখোইনি ॥
মাইথোং-মরি-লৈতেংবা বিধি মাগী য়াহংঙু
ভারবত্র মতমদা খুয়্নক-ইনে শিবহু ॥
ভাওদো 'ঙুদি হায়রগে মরম লোয়না শুনবু
গুসিদগী হৌরগা চহি-লিশিং-ছুফুবু
ফাররবা সুমিত্তা রাবণ নিংথৌ হিংচাবা
মালেম-থক্তা পাল্লনি ওইরঙুনা মীওংপা।
পৃথী থক্-থক্ নিকনি সাধু-ভক্ত নংগনি
ধর্ম্ম-মখোং নামবু শোইদনবু তেক্লনি ॥
তাইবং-মীয়াম লোইনমক হায় হায় কৈনো হায়রনি
ইংনা ভগ্না পাঙবা মীপুম খুদিং য়ারনি ॥
মতৌ অঙু উবদা মনাই কম্মিংলক্লনা
নারায়ণ-দি প্রভুনা মালেম কল্লি হরাওনা ॥
নিংলিবসি পাংনবা দশরথ-ময়ুমদা

পারি-নাওরা ওইনবু অবতার তৌনিদা ॥
লক্ষ্মীদেবী তুংইন্নি জনক-মমোম ওইগনি
ভরত-লক্ষ্মণ অকনবা শত্রুঘনো য়াওগনি ॥
মহেশ্বর মপাওখোল তারক্না ওনিনা
চিংনববু কোকখিয়ে মোক্লম্মিদা হুংঙাইনা ॥
অহু রাবু লোইরগা অমুক হন্না হায়রকই
মাইথোং-মঙা লোংলবা শিব তম্না তাক্লকই ॥
পাপী তাপী রত্নাকর শীংনাইদনা পাপ-তৌবা
হুরান-চিন্থি লুচিংবা শাখিনবু মী ওৎপা ॥
মাগী নাক্তা চৎলুরো রাম-মিংথৈ তাক্লুরো
মাগী মতেং লৌরুরো রাম চরিত ইহল্লো ॥
নামগী গুণ-না লাল্লগা রাম-নাম শনগনি
জগৎ-পূজ্য ওনগনি মহাকৌনা লানগনি ॥
শিব-য়াথং কোকথোং-না ব্রহ্মা-নারদ অনিদো
অশি-লমদম মর্ত্ত্যদা তম্নুদি কুমখিদো ॥

৩

মর্ত্ত্যলমদা কুম্লক্লে ব্রহ্মা নারদ মুনিদো
চ্যবন-মুনি মপারি থিজুনবু লাক্লেদো
মীনা থংবা ওমদবা লম্বোইবশী ফীজেত্তা
শক্লোত্তুনা চৎলশী অমর অনি অদুত্তা

উমং-অশোং মঙুংদা পামেল উনাপুংবদি
অমগীবু মথক্তা কারদুনা লুহ্বদি
কনামতা উখিদে রত্নাকর ছুরানবা
লম্বোই-ফীজেৎ শেৎচন্না ব্রহ্মা নারদ লাক্লম্বা
অদুদবু উখিয়ে মখোই তন্না চৎনিংখি
করি-লৈতা অনিগী মফী ছুদা মুন্নিংথি ॥
ফত্ত-রাখল অসিবু লেপ্লদুনা পুক্লিংদা
চ্যবন-মচা ডাকুদো ব্রহ্মা-তান্না চংখিদা ॥
ব্রহ্মা হাৎকে হায়দুনা য়োৎতুম-গদা থাঙৎখি
য়োৎতুম-গদা অরুম্বা খুৎপরুনা লৈথোকখি ॥
রত্নাকর ঙকখিদা ব্রহ্মা-মায়া থংখিদে
করি মতৌ কৌবনো পোলেপফম্বু ঙমখিদে ॥
ছুরানবদি পাপীনা মওন-মওন খল্লিনৈ
ব্রহ্মানবু য়েংদুনা হংলকখিনে অদুনৈ—
হায়য়ু ডাকু ছুরানবা নমিং করি কৌবগে
করি কান্ন' ফংনবা ঐবু হাৎকে নিংবগে
ফীজেৎ-উকু শেৎপনি করি ইরল লৈজদে
ঐগী থরাই লৌরগা করিমতা কান্নদে
অসি খংবা নহাক্না খংনা খংনা হাৎনিংবা
মরম ঐদি খংদেদো তাসি নহাক হায়য়ুবা
য়াদি ওন্না রত্নাকর খুমলকইদা চিন্থক্তা
নথন্নাইবু হাৎলগা নফী মুনগে তৌ'নিদা ॥

## বাল্মীকি

নংবু হান্না হাৎত্রদ্দি নপোৎ মুনবা য়ারোইনে
নপোৎ-লিকপা খংদুনা হান্না হাৎকে ভৌবনে।
বিধি-ব্রহ্মা নোংদম্বা মীহাৎপরোম্ য়েংহুনা
অমুক হন্না হায়রকই খংজশনু হায়দুনা।
হায় হায় পাপী মীহাৎপা, মী-হাৎপগী ফল-হায়গে
নাকোং শেংনা তাজোকো অওইবদা মহায়গে
য়েরু-চামা হাৎপগা কাওরেল অমা হাৎপগা
মান্নবনি খংউকো তিনয়োৎননা খল্লগা
নুপী-মুজা অমতং হাৎলুবদ্দি মীহাৎপা
কাওরেল-চামা হাৎপগা মান্নবনি অপংবা
ব্রাহ্মণ অমা হাৎপদি মুপী চামা হাৎপনি
ব্রহ্ম-চামা হাৎপদি পুণ্ডমদবা পাপ-হৈ-নি
ব্রহ্মচারী অমবু হাৎলুবগী পাপ-হৈ-দি
ব্রহ্ম-চামা হাৎপগা মান্নে কাউম্নু মসিদি
ব্রহ্মচারী ওইরিবা লম্বোইরবা ঐহাক্নি
ঐবু হাৎপা হায়হুদি নংগী নপাপ চাওগনি।
সন্ন্যাসীবু হাৎপদা অস্তুক য়ান্না ভৌহৈদে
মপান-নাইত্র' নরক্তা তানি হায়না ভৌনদে
মাগী মগুণ অচৌবা তাজত্রিবা নহাক্নি
নাকোং শেংনা তাজো-ও মুংশিন্নুনা তাকপনি
ঐগী আত্মা অমরনি নংনা হাৎপা ওম্মোইদো
শিবা নাইবা হকচাংসি আত্মা মানা পুয়োইদো

হকচাং অসি হাৎপদি ঐবু হাৎপা কৌদেনে
মুম্না খংউ তাক্লিসে নমিৎ পাংলি পাঙগুনে
সন্ন্যাসীগী মগুণদি লোইবা নাইদে থিংনা
লোইনা তারোই হায়রস্থ অসিমতং তাহোনা
মানা নৈরু’ মকমদো মকমন্থগী অকোইবা
মরাক-ময়ুং মান্নবা ক্রোশ মরি অপাকপা
পাক্লিসিনা কোনথুংবা লমলেন লমপুং ওইবদো
বাশী-তীর্থ ওইবনি মুম্না খংজহোরোদো
চুংশিন্থনা তাকপনি থরাই কম্ন হায়দেয়ে
খংনা খংনা তাক্রুদি নংনা রাবা লোইরোইয়ে।
থাজফমস্থ থোক্কবা থাজবস্থ ওমদবা
রত্নাকর হুরানবা ঙাংথোরকই মীহাৎপা।
হায় হায় বামোন কীগনবা থরাই মাংনি কীন্থনা
পংঙাং ঙাংজশারিবা থাজসিগে করম্না
নহাকুম্বা সন্ন্যাসী কয়া কয়া হাৎলে-ঐ
কৈস্থ তোদে হৌজিক-ফাও ঐ-সে ওইনা নৈরি ঐ।
ইরেজ্না হায়রিঙৈ নফী থোক্লো পিরক্লো
যাত্রবদি খংজোদে। থরাই মাংগে হায়রক্লো।
ঐদি লেম্না থারোইয়ে ইথৌ-পাংথোক্-পুণ্যনি
মীহাৎপবু ওইন্থনা শিল্লাংলিবা ঐহাক্নি।
নংগী মোইথেম রাহৈনা পেংপিদোবা নত্তেদা
থরাই মাংলোই হায়রগা নফী অদু পিরোদা।

রত্নাকর হৌরানবা ওর্কশিংদুক্কে কয়রু
কৌ-থাদবা ব্রহ্মাদু লা-হায়রকই ওররু ।
করে ময়াম্রবদি ঐবু হাৎপা তারেলো
ঐনা পিনা তুবদা য়াম্না মুম্না য়েংউদো
ঐগী হকচাং অসিনা লৈমায়থক্তা কোয়রিবা
ককচেং কয়া নমগনি য়েংউ মন্থ নন্দবা
নম্রবদি নহাকী পাপকী মশীং থিংম্লোই
জীব লিশিং হাৎপগী পাপতি মংগী কোয়কৃতমোই ।
ব্রহ্ম-মরা তাবদা ওরবুদি খুমকই
জীব পিশাক ককচেংনি করি তৌগে হংলকই
নহাক্কুবা মীওইবা হাৎপদদি হাদেংদা
ককচেং থম্না হাৎপবু খোশাকনি হায়রুদা
হৌরাখৌবা মীহাৎপা রত্নাকর মহাকী
মন্নাহৈবু তারগা ব্রহ্মা ঠাকুর খুমকথী
করে অথ হায়রম্ব ককচেং থম্না শিথবু
করম হায়না নাচুমনি নগাক্কুবা ঠাকুরু
অসুম্ অদুম্ ওইনমক মাহংমচা অমত্তং
হংলিতত্তিদা ঐগাক্কি পিয়ু পাওখুম অমত্তং
চহি কুমজা কয়ানো লংজরক্কি নহাক্কা
পাপ শীং থীডম-লাকতবদা তৌরাক্লদো তরকা
অরেপ-অথম নাইদনা লংলক্লিবা পাপশিংসে
করম হায়না থাংগেগে অদুক হায়রু তাগেগে

নপাপ শরুক য়াবিবা কনা য়াওবিগদৌরি
নথন্তনা পুবদি করম্ হায়না ঙমদোরি
য়াহং অসি ত্তাবদা করিমতা থম্লদা
ইরায়-লায়না রত্নাকর পাকপু হেক্তা খুমখিদ্দা
করি তৌগে অহুবু ঐনা তৌবা পাপ-পুন্যা
ইমা-ইপা থাক্লবা ইতু-ইচা য়োক্লবা
তৌবা ভক্তি করিনো ইশা-ইদোম কংহৌইদা
মখোই লোইনা য়াওগনি লোইনমক্তা তৌ-নিদা
ঐনা ত্তানবা লন্দুনা ঐখোই লোইনা চাবনি
ঐনা কংবা পাপ তুস্সু ঐখোই লোইনা কংগনি।
মাগী রাহু ত্তাবদা ব্রহ্মা কাক্ কাক্ নোক্লকই
করম্ হায়না পুমিন্নৈ হায়য়ু ত্তাসি হায়রকই
লৈশেম-মুংশেম হৌরকৈ ওইখোক্তবা থবকপু
নংনা করম হোংদোকপা ঙম্মি করম হায়নবু
মানা মানা তৌজবা মানা মানা কংবনি
মীতোপ অমা কোল্লবা য়াদে থংউ হায়বনি
লাইগী রায়েল থুগাইবা নতিক করি লৈবগে
লৈশেম্-মুংশেম্ ঙম্নবা নরৌশিং করি চেনবগে
নমানস্সু য়াবিরোই নপানস্সু ত্তাবিরোই
নকুনস্সু য়াওবিরোই কনামত্তা ত্তাবিরোই
খাজদরে হায়রগা অম্না চৎলু হংলুচো
করি হায়না থুমকপা অহুক চৎলু ত্তাক্লচো

নংনা হল্লক্রিকাওবা লৈরমগেদা ভাইহনা
চিংনববু তৌগদ্ৰ ঐসে চেম্রি খন্দুনা
মখোই ময়াম অহনা নপাপ শরুক য়াৰবা
ভম্না হল্ল' নহাক্না ঐহাকপুদি হাংলবা
করিমতা হায়ভরোই য়েংচববু তৌখ্রবোই
নংনা নিংবা তৌবদা করিমতা খিংলরোই
আ-হু উখোং অাসদা ফমহনবু লৈরমগে
চংলো চংলো থুনবু করিবুদি হায়বগে
হরাও-মুংঙাই য়াম্‌না পুক্লিং চিংনা চিংননা
ডাকু ভম্না খুমখিদা খাজ-ৱাংপা খোহেল্লক্না
নংনা তৌরি মতৌসি করম্ হায়না থাজোগে
চেন্নবা খুজিলবু নত্তে করম হায়সিগে
নথরাই মাংনি কীহনা ওইদ' পরেং শাবরা
মালেম মরোল থক্লিদা ঐবু পংই খনবরা
বিধি-ব্রহ্মা লৈশেম্বা বায়েল-পম্বৌ অহানবা
ভম্না সভ্য তৌরকই ডাকু-খনুং য়োনবা
মহাকীদি কৃপানা রত্নাকরহু কীরকই
হংলুবনা চুমতাই অসুম হায়না খল্লকই
হন্না হন্না য়েংহনা পম্বৌ-মনাক য়োনবা
খোংথাং থুনা থাংনবু চেনখিনেদো হন্নানবা

শাস্ত্র করম্বদবু য়াংওরিবগে হায়যুদা
মচাগীনে পাপ্পু করম চংই মপাদা
অপংবা হাই অভাং-ও করম হায়য়ু হায়বনি
অহল ওইবা মপাদি মচা অমুক ওইবনি
নংনা নাওরা ওইরিঙৈ নপা ঐনা থাক্লকই
নদোম নখোং লেপত্রিঙৈ ঐহাক্নবু য়োক্লকই
কয়া রানা য়োক্লকপা কয়া কম্না নোম্লকপা
নহাক্তবু চাওনবা কয়া য়ানা ভাইরকপা
পুং-পু কৌবা নরক্তা তাংগে তৌবা মতমদা
ইচা নংনা কনগনি কৈরকপানি আশাদা
অতুংগী চেন্দুনা অহল ওইর মতমদা
মিত্তাংবগী চৈন্তুগুম ওইবা নংনা ঐত্তোন্দা
আশা অসি তৌরকপা আশা কায়রু হায়বরা
নপা য়োকপা নথৌনি কাওথোক্লগে নিংবরা
নংবু ঐনা ইনশন্দে ফত্তৌথবক তৌদুনা
নপা থাকউ হায়নবু নপাপ য়াওগে খন্দুনা
নপা-নমা পেন্নবা সেবা তৌবা নশিন্নি
নপা ঐনা পেল্লগা লাইয়াম পুম্বা পেনবনি
নপা ঐবু লুংশিন্নু লাইয়াম-শাপ্পু ফংগনি
মপোক মপোক থুদিংদা অরাবদা ফংগনি
নংবু চাওন' য়োকপদা ঐনা তৌবা কর্ম্মগী
মহৈ ফংউ হায়নবু ভাগ্যে নাকোং নহাকী

চাওরে নহাক হৌজিক্তি নংনা ইপা শক্লেদো
ঐবু য়োকপা থাকপদি নথৌ ওইরে থংলোদো
মীহাৎ মীপুন তৌত্নবা ঐবু থাকউ হায়দেনা
করিগীনো অত্থুদি নপাপ ফংনি ঐহাক্না
মাহু য়াদ্রে হায়রগা থাক্লোই য়োক্লোই ননিংনি
নথৌ পাংবা ঙমদরা পাংদরবা হায়জনি
লাইয়াম থুন্দিন লেপ্নগা পিরকপবু অরাবা
ফংজববু নহাক্না থল্লু থাংবা ঙম্নবা
মপা মুনি চ্যবনগী ময়াথংবু তাবদা
রত্নাকর মীহাৎপা নিংববুদি কায়খিদা
থল্লকুইদা তম্নদা পলেম-মমা লৈরিনা
মচা-মুংশি-মৈরিদে মুংলমথিরোই থনখিনা
য়াদি তম্না মপাবু হুঞ্জেক্লম্লে হুরানবা
মুংশা সোর পাবোংনা মমা তম্না পাংখিবা
মচা লাকই উবদা তরাম তরাম মমানা
মপাওথোনবু হংতুনা কৌরম্মীনে হরাওনা
হরাও-হরাও তৌরম্মী পলেম-শকফম উরগা
বামিম্নবা য়াওদোবী লৈরে অমা থল্লগা
রত্নাকর মমাদা তম্নদবু হঙ্গংখি
থম্মোই লকাম্নুংদগী পোৎলুম থাগে নিংজখি
পলেম-পোকপী মুংশিবী নচাগীবু ঙাওরবী
মমা ওইবী খুদিংনা মচাবুদা নিংজবী

ইমা নংসু মখোয়গী মরক্তবু অমনি
মচা য়াম্না হ'রেদা নত্তেং ঙাইবা ঐহাক্তি
পলেম-পম্বৌ য়োক্লবা অক্ষ-ফত্ত থন্দবা
পাম্না তানবা লম্নিবু হায়নবুদি থন্দবা
পাপকী মহৈ অহুবু ইৎস্তনা পুগত্রা
ইমা নংদি য়াওরোইত্রা ইদোম-ইথম রাগত্রা
হরাও-মোমোন নে'ক্লপী মমাহুগী মায়থোংদো
মচা-মপাও তাবদা হৃষ্ণনখিদা তম্নদো
শাঙরপ য়েংবা মিংয়েংনা মচা-রোমদা য়েংলগা
চায়রকখিনে অংম্না শকফম পৈরপ তৌরগা
করি হায়য়ে অপংবা চৌনংবু থংদবা
তৌবিমলবু থংদবা নশাগীদা মথনরা
লোইদাম্ থাবুম তরাবু নাওপুরকপা নমানা
নোংমতগী লমনবু শিংবা ঙম্না নহাক্না
গর্ভমুংগী তিল্হানা মীওইনবু পোক্লকপা
মিৎকুপ অহুমঙ্কগী চাওননবা য়োক্লকপা
কয়া রাখি ঐহাক্না থংলিরোতদো নহাক্তি
রাখিবগী লমনবু শিংবা ঙাইরি ঐহাক্তি
অহুগদি নহাক্না নপাপ পুহল্লিংলিবা
তানিংদেদা ঐহাক্তি নংগী রাহৈ অঙাওবা
করি থোকই হায়রহুনা ঙাংজ শারি নহাক্না
ঐনা রানা য়োক্লকপা থংলিত্রিবা নহাক্না

শাস্ত্র পুথী তিল্লুনা অমত্তবু ওইহুনা
খোল্লাও কল্লা লাওখিসে তাম্বোইগো ননানা
পলেম নমা হায়সিদি মপা অমা লৈত্রেদো
স্বর্গ কোটি হেন্নবা পলেম মানি খংউদো
পলেম সেবা তৌবদি পোকক্ষম লমন শিংবনি
পোকক্ষম লমন শিংবদি মপু-থুয়া তানবনি
লাইনিং-পরৈ-চেংপনা খংগদোবা রাবল্লি
নংবু চাওন' য়োকপদি ভক্ত ওইহল্লিংবনি
নংগী কর্ম্ম ফবনা নংগী ভক্তি-মপাল্লা
স্বর্গ কাবা ঙমজবা পুরোন তরামরিনা
অহুনিনে ইমনা নিংজরকপা আশাদি
ফায়রেদকো ইবুঙো ইমানবু নিংবদি
পস্থো য়েংই য়ারক্তা পলেম ফংই মচৈবা
গতি লৈত' রত্নাকর ওইখি মাগী খোয়রাংবা
পলেম-পস্থো য়াদ্রস্থু পুন্সি-খোংলোই তিন্নবী
ছুপী মাদি ঐহাক্তী মুংশি-ইহুন মাম্নবী
মহাক্তদি য়ানিদা ইপাপ্ শরুক্ লৌ হায়বা
হংউখিগে মঙোন্দা তাগে মপাও অথুম্বা
পায়মা মুংদা অসিবু থল্লে হায়র' হুরানবা
খোংলোয় মাগী মক্ষদা থুনবুদি হংখিবা
হায়মু তাসি মুংশিবী বাবনবু লোইরেদা
নবাহৈদি অথুম্বা তারগবু কোক্লেদা

অক-কত্ত' খন্দনা তাল্লুবদি লন্দুনা
নংবু ঐনা য়োকপনি হিংই নংস্থু মুণ্ডাইনা
অয়া-মুংঙাই শরুকপু পুমিয়রি ঐখোইনি
ঐনা মুংঙাইজবদি নহাক্কীস্থু ওইবনি
ঐনা য়ার' মতমদা নংস্থু য়াওনা য়াবনি
ঐগী নিদা হায়হুনা নংস্থু হিংহুনা লৈবনি
মপোক-মপোক থুদিংস্থু ঐগী ওইগে নিংবদাই
ঐহাক্কবু নহাক্কী শরুক-তংথাই ওইবদাই
নখোয় থুদিং থাক্কবা লনথুম্বু থিবদা
পাপতি কয়া তৌরুরে মশীং নাইবা নত্তেদা
পাপ্প, অস্থুক য়াম্বসে মখোইগীদি মহৈদো
নংগা ঐগা তিম্মনা চামিম্মনি খল্লিদো
পাপকী পোৎলুম ঐহাক্কী লুম্বনবু লোইরেনে
ঐখোই অনি চংহুনা পুত্রবদি য়াত্রেনে
মুপী-মুজা নখোইদি চংবা-শিবা পুম্বদা
নিপা ঐগী হিংদোনি ঐগীদমক শিনিদা
মাগী য়াহৈ তাবদা তনিক্ তনিক্ তৌহুনা
তথুক্ তথুক্ থুমখিদা মাগী ওইবা মুপীনা
কয়ি য়ানো ইন্নংঙো তাকপিরিবা য়াথংদো
পংনা শোয়া লৈজবী ঐদি ভাবপু তাত্রেদো
সতী-থোদাং পাংজগে হায়নবদি লৈজরি
য়ারে য়ামিম্মজগে খন্দুনবু লেপচরি

ওক্তুবস্থ নহাকসে ঐগী দিনে লাইনিদা
থিরবস্থ ইবুংঙো শবহেনবনি ঐঙোন্দা
অতুমকপু ইবুংঙো নংনা ভোবা মহৈদি
নহাকতনা ফংদৌনি ঐদি ফংলোই মহুদি
নংনা মীহাৎলুবদি নিংথৌ-দণ্ডি ফংলমদাই
ঐনা ফংগে যাদেনে নপন্থনি বারমদাই
কোয়না কোয়না লম্বিবা নিপা নংগী থৌদাংনি
ইমুং-মুংদা নোংনা মুপী ঐগী ইথৌনি
নংনা কেয়ভাল তাল্লগা পুরকপদি কন্দুনা
ঐবু য়োকউ বায়েনবা লাইগী মীগী বানিনা
মীপোংৎ হক হায়দনা মীথাই লোক ইনশন্দে
ইনশন্দবা ঐগাক্সা নপাপ শকক য়াকদে
মুংশিবগী হায়রুনি নপাপ লোইনা পুনিংই
পুক্ম থোক্তবহুদি পুগে কনা হায়নিংই
মহুংঙা য়াথংদো পাংদরবী ঐঙোন্দা
অমুক হন্না ভাকপিবা ভৌমু নংনা ঐঙোন্দা
অনাংমুংঙাই পুদৌবী থুপী মানা হাংরকপা
বাহৈ অত্থ ভাবদা য়াদে মপুক নেমজবা
মাগীনিবু কয়হুনা য়েংলু য়েংলু মায়কৈদা
অমতবু লৈরমদা হাবা থমু থেংথিদা ॥

৩

মহু-লিশিং পানবা লিদ লিল মাগী মশকপু
ওইরবনা পাপয়াম্না চিকপা হৌরে মহাকপু
কৰি-বরম তৌরগা পাপয়াম্ বোক্নি থল্লক্লে
হুংশিরবা থরাইদো তন্না থাগে নিংলক্লে
হিংলুবনা কদৌনি ঐগী কনা লৈত্রবদা
অসি হায়না খনবগা রাম্বহুনা তুখিদা
য়োংতুম-গদা থাদোক্লে রাম্বরেদো মীহাৎপা
ভাইহাক পুক্নোই লৈরগা হন্থরকই মীওৎপা
মিৎলু অনিহুবগী তরং-লাইজ শিম্বরে
বপ্পা বপ্পা চেনখরে সন্ন্যাসীবু খিখরে
খোংদোই য়াংনা চন্দুনা ব্রহ্মা-নাকপু য়োক্লরে
মখোং খুয়া অনিদা তুরহুনা হায়করে
ভক্ত-সাধু অথংবা, তাকপিয়ুনে ননাইদা
গতি লৈত্রে ননাইদি শিঙ্গরগে ঐহাক্তো
পলেম-পম্মো অ'নমক হুপী মাস্থ য়াওননে
পোইনমক্তা হুংলুরে অমত্তম্ন য়াদেনে
ইপাপ শরুক য়াবিবা কনামতা য়াওবিদে
ইদোম ইথন ইবাম্নং লোইদৌরিনে ঐহাক্তে
মালেম লৈকোইম্নংসিদা পোম্বকপম্ন ইথক্তা
শিন্নম্‌দাইম্ন প্রভু-ও ইথক্তনি ইথক্তা

খংলক্লেনে হৌঙ্কিক্তি চিংনিংদরে ঐহাকতো
মালেম তাইবং থাহুনা চৎনিংলেনে ঐহাকতো
তাকপিরোনে ননাইদা তোল্ল-তার ঐঙোন্দা
পাপয়াম্ অসি কোক্তুনা লানগদৌবা লম্বিদা
ইমা-ইপা অপুম্বা থাদোক্লগে তম্মক
হিংনিংদরে ঐহাক্সে হিংবা মখোইগীদমক
করি তৌজৌ হায়বগে তাকপিবদা ভোজনি
মতৌ করম তৌরগা ইপাপ-অসি কোকনি
মতৌ অহু উবদা গুংশিন্থনা ব্রহ্মানা
তাকপিরকই য়াথংবু তৌগদৌবা মহাক্না
আদা লৈবা পুখ্রিদা ইরুজরু কুমহনা
নশা অহু শেংলগা তাক্লি পাওতাক ঐহাক্না
ব্রহ্মা-য়াথং কোকথোংনা' রত্নাকর চৎখিদা
ওস্তোকপনি পাপচেনবা মানা য়োবা মক্তদা
ইমায় চোম্না লৈরম্বা পুখ্রি জাগোর অচৌবা
ঈশিং ইরিক অমফাও লৈতনবু কংখিবা
পাপকী দণ্ডি কয়াদা চাওনা ফংই খনবদা
য়াবনবু থমথেংখি তম্না তমখি ব্রহ্মাদা
ঐগী ঈশক উবদা পুখ্রি ইকং ওনথরে
চাওখ্রবোইদা ইপাপতি গতি অমা লৈতরে
য়াকম অসি তাবদা মোমোন মোমোন ব্রহ্মানা
কমণ্ডলু পাইখৎলি চাইখি ঈশিং লৌহনা

কমণ্ডলু-ইশিংনা শেংদোক্লবা হুকচাংদো
মন্ত্র পিবা য়ারয়ে তারক-মন্ত্র তাকপিদো
মহামন্ত্র অথোইবা তারক-ব্রহ্ম-মিংথৈদি
রাম কৌবা মিংথৈদি তাকপিখিদা তন্নদি
রাম-রাম শোন্দুনা মপাপ পুম্বা কোকখিদো
নামগী মগুণ উবদা ব্রহ্মা ফাওবা গুকখিদো।
নামগী গুণদি কৈহায়নি অমুক্তবু শোনবদা
কোক্লকপদি পাপশিংদো মীওই মপোক অমদা
পাপী মানা তৌজবা মপোক'মগী পাপশিংনা
রাংপতনি হায়রিয়ে শাস্ত্র পুম্বা তিন্দুনা॥
মচিন-মরৈ পান্দবা মরোল লোনবা গুমদবা
উপাল-রাপাল পুন্নমক্ লোইবী চিংজাও অচৌবা
মথোই খিবিক অসিস্থ সাধু-সাইশোল তাবদা
থোম্বাং কম্না য়েহুনা অরাল-খুভম ফংজৈদা
শোনগে হায়না শোন্দবা অহুক্ মপম্থোকউবা
অত্নগুম্বা পাপী ফাও নাম-গুন্না লাল্লিবা
মুংশি মুংশি শোনবদা য়েংথি য়েংথি চৈবদা
পল্লুবগী মহৈদি অরাল-খুভম ফংইদা
অঙকপনি অঙকপা তমফম থংদ' মশকনি
কবি-থোর্জৈ মায়থিদা মগুণতনা হেনবনি
অমুরক্তা শোনবদা রত্নাকরগী পাপ কোকপা
ব্রহ্মানবু গুকখিবা করম্নবু হায়দোকপা

গুম্বা নত্তে লিজবা ঐগুম্বদি তোমবনা
তোনবদগী নত্তনা পাপশু কয়া চেনবগা
থম্মোই লকাম্নুংদগী লোৎলবদি পাপ পুম্বা
রাম-মিংথৈ গুমজিৎনা থাক্তমথৈ শিংথিবা
রিপু-তরুক শাম্নকম গুইহুনবু লৈরম্বা
ভাকু মাগী হকচাংহু হরি-মন্দির গুইথিবা
থম্মোই-লকাম্নুংহুদা নামগী আসন থাথিবা
পাপকী পুকচেল থাহুনা নামবু চেৎনা কোনথিবা
তাইবং-মাপাং মপুগী যাম্ভ হৈবা মহাকী
করম থংনি ঐখোইমা লোনম মায়া মহাকী
রত্নাকর মহাক্না লৈরম্বদি মকমদো
মকমহুগী অকোয়বা পাক্না চাউনা কোনবদো
মলয়-মুংশিং নাম্নিবা হৈনম-লৈনম নখোবা
তোয়রেদো থোগলবু হোয়ে লিরি-শিংচবা
মাক্লেন য়াকপা মুংশাম্ন মুংশিং মুংদা লুপ্তুনা
য়েনিং-হম্ম্বা ঋতুগী মেংবা শকম্ লোথিনা
হৈপাল-লৈপাল নিংথিথি উরি-উনা তেকথৎথি
অয়েং-মিৎপু তকহনথি পুক্নিং থুদিং তমহৎথি
মনাই-ভক্ত লৈবা লম হরি মানা লোয়নকন
তশেং তশেং উৎথিদা ওইথি পুক্নিং তমহৎকম
লিক্লা তোম্না থনবা মহুম-মচা থার্থদো
রাম-মিংথৈ মত্তগী তাইবং-মহুম কংথিদো

মপা-মমা ভুংশিবা পারোল-পুরোল শর্মখিরে
তাইবং-মালেম শক্তমবু মমা-শক্তম ওনখিরে
নাইতোম তানা লৈরবা জীব মাগী আত্মাদু
ওইখি ঙমা থুনদা চাওরেল চাওবা আত্মাদু
খম্নুংদগী ঙংলকপা খোঞ্জেল মাগী ভুংশিবা
ভুংশিরোলদা থংখিদা অঙকপনি অঙকপা ।
য়ুমদা হনবা কাওখরে পম্বৌ-পলেম কাওখরে
হকচাং-তংখায় পুরিবী মুপী মাসু নিংদরে
তাইবং পুম্বা কান্নবা পারোল-পুরোল লাম্নবা
রামগী নামবু শোন্দুনা লৈগে নিংখ্রে মীহাৎপা
রামগী ভক্ত মহাকপু পারি ওইনা কংবমা
চ্যবন মুনি মহাকপু য়েংখ্রে রাম্না শেন্দুনা
রত্নাকরগী মমাসু মহাকৌদি ভুপীসু
রামগী থুম্না চংহুনা ঙমখ্রে লৈবা মথোইসু

৬

মতৌ অসুম তৌহুনা চাবা থকপা কাওহনা
রাম নাগী মিংথৈনা চানা-লোংথমহুনা
লেনখিবদি রত্নাকর করিবুদি হায়রপনি
রাম রাম খোঞ্জেরা লোর লিশাং ওইবনি :

ঙৈখিবদি মফমহু মচি অমা লেংখিত্রে
উইশনখিবা মিৎস্নাহু পাংববুদি ঙৈখিত্রে
নাক্-য়েং অমা হাঙ্গদোকপা মিৎকুপ অমা তোত্রেদো
মুংহুম লেংদ' অমনা ময়া তা'গুম কমখিদো
মিৎকুপ খুদিং লেনখিবা পুংজা খুদিং শারকপা
মুমিত্তগী থাবুস্থু অস্নম অস্নম ওইখিবা
কূমজা কুময়োন ওনখিবা কনানবু খংখিবা
হৌখি হৌখি মতমদো ঙমদে মশিং লাক্লম্বা
লৈশো-মপী অমথক মচা-মনাও পুহুনা
ভক্ত মাগী খোগলবু থম্নাই য়াওনা তৌখিনা
য়াক্লা চাকপা মুংশানা চাকহল্লোইবু হায়হুনা
মুংশা-কনবা লৈপঙ্গবু নাখৎকেবু থনখিনা
মৈচ্াংদবু লৈনাবা লোইনবদি হোৎনখি
লৈশো-মপী খুৎহৈবা থম্নাই য়াওনা লুচিংখি
লৈশোমুংদা কমহুনা মুংশা-মৈশা কোক্তুনা
ভক্তি-শৈহো হৌখিবা শোনবা ঙমখি তম্বনা
চান্না হেনবা মরম্মা দেহে মাগী অনোয়বা
নোংমা নোংমা ওইহুনা খংহৌদেদা হম্ববা
শক্ল-পোলাং অকংবা উনশাতনা য়োম্লম্মী
থম্নাই-মিহুন অহুতা পিক্লা পিক্লা হোল্লম্মী
লৈশো মথক অহুদা উনা পুংবা পামেম্না
য়াম্নেক-সম্রী লৈবগুম নোংজু মুংশা কনখিনা

মুনিদেব বাল্মীকি মতৌ অসুম লৈখিবা
চহি কুমজা লিশিংবু খংহৌদেদা লিৎখিবা
অসোমদনা কমদৌরি দশরথ মপারি
রামচন্দ্র অকনবা অযোধ্যাদা পাল্লরি
রাবণ নিংথৌ হিংচাবা মীওৎ-শাথৌ অথৌবা
শাগৈ তুম্না চাৎলম্বা মালেম মিহুন হম্বুবা
লৈপাক প্রজা ফুংভাইরে রাম-সীতা ফংজরে
গোলক পুরী য়াইফরেন কুম্নরবোই নিংথরে
মতাং অসি য়োরগা ব্রহ্মা বিধি নোংদম্বা
রত্নাকর লাইনিংফম তম্না চৎখি য়োনবা
লৈশোপুংবু উরগা মীশক'মতা উথিদা
তপ্পা হৈংনা খোরকপা রাম-মিংখৈ তাখিদা
হরাও হরাও ব্রহ্মানা ইন্দ্রদেব কৌরকখি
লৈশৌ-চামথোক ওম্বা নোংজুনবা হায়জখি
ব্রহ্মা-য়াথং ফংবদা সোরারেন্দি ইন্দ্রনা
নোংজু-পেরে হৈথখি থিনববুদি তৌদনা
কম্না চেৎনা লৈরম্বা লৈশৌপুংগী লৈপাক্তো
নোংজু শাক্লু য়েবদা লৈনাং-ইরি ওনখিদো
মুনিদেব রত্নাকর শরু-শয়াং ওল্লম্বা
রাম-নাম্না ভাল্লম্বা অওকপনি অওকপা
ফুংশি ফুংশি ব্রহ্মানা কৌরম্মীনে তরাম্না
বিধি-য়াথং ভাবদা মিৎ পাংহুবা মুনিনা

দণ্ডবৎপু শাহুনা থুরুমখিদা থিন্দমা
কোকথক্তমু হাপখিদা থুয়া উফুল লৌহুনা
ঙাইহাক পোথাক্রগা ব্রহ্মাদবু হঙংখি
তাইবং-শেম্বা বিধি-ও চানবিয়ুদা হায়জখি
রামগী মিংথৈ তাক্লুনা লাইশোল মাগী তম্বিবা
নচা ঐনা কাওজদে ঙমদে লমন শিংজবা
করি য়াথং তাকপিগে হায়হুনবু লেংলকপা
অপংবদি নচাদা তাকপিন্নুদা অপোকপা
মপাওখোলবু তারগা বিধি ব্রহ্মা নোংদম্বা
হায়রকখিনে মুনিদা লৈবাক য়ায়েল শিঙ্খাবা
নতৌ অসি উবদা ইঙক ঙকখ্রে ঐহাক্তি
নমিং অমা নহাক্কী খোনগে তাউকো ঙসিদি
কুমজা অম্বক য়ামবু লাইনিংলকপা নহাক্না
লৈশৌ-মুংঙা য়াতাবা হরি-ভক্তি পুকথমা
কৌরগেদো ঐহাক্না লৈশোমমুং য়াহিপ্পা
রাম-মিংথৈ মাওনবা বাল্মীকিদি মিংকয়া
শিংনাইবা নপাপু রামগী নাম্মা কোকপনি
নামগী গুণবু শব্দোক্পা থংউ নথৌ ওইগনি
মতাং তরেৎ খোরুবু লোংউ পুরান মহাক্কী
মুংশি-লমন-থামদবা শিংউ লমন মহাক্কী
ব্রহ্মা-য়াথং ইম্মিংবা ইনুকম্-লাকক্ম্ থংদবা
বাল্মীকিদি মুনিবর ঋষি য়ায়া অচানবা

রামগী মঙুণ তাবদি থস্নু থমখো অওইবা
খোর্জ্জে থুক্ত' পায়রগা ইবা চায়দো অশেংবা
য়াম্মা লুনা থর্নখিয়ে পোক্লকঙেগী তৌরক্তে
করম হায়না লেংগনি খোর্জ্জে 'মুক্তা ইল্লক্তে
ঙাইহাক পুঙ্গোই থল্লগা বিধি-ব্রহ্মা খুয়াদা
তম্নদবু হঙ্গংখি নিংজখবু লোয়নদা
ননাই-তোম্ন 'ঐহাক্তি মীহাৎ মীপুন্ ইথৌ ওই
পাপ্‌য়াম্ লংল হিংবনি পাপ্তনবু ইথৌ ওই
হিংলকপনি ঐহাক্তো ঙাকপিহৈবা নহাক্না
ঙাকপিত্তনা লানবিরে করম লেংনি ঐহাক্না
মুনি-মপাও তাবদা ব্রহ্মা মানা থুমদোকখি
বাক্লগন্নু মুনিবর কৃপা লৈনি হায়বিখি
সরস্বতী হীরৈমা নচিন-মরৈ শাদোংনি
শৈরেং ছন্দ শুমহৎপা নঙোন্দবু পিরনি
নপুক্লিংদা চপ্‌থুংনা লেপ্ত নবু লৈউকো
নহাক্কীদি রূপ'ম্না জগৎপুম্বা শান্নিকো
বাহৈ অদি হায়রগা বিধি-ব্রহ্মা নোংদম্বা
তম্নবুদি হনখিদা থার মনাই অচানবা
মপাইবুক্তো ব্রহ্মানা হমথরকা মতুংদা
রাম-রাম হান্ননা শোল্লুনা লৈহৌইনে মথন্দা
অহিং-মুংখিল নাইদনা হরি-ধ্বনি মনিন্না
বাল্মীকিগী তপোবন পুম্নিম লিমা লৈখিনা ·

কোরৌ-শিংবুম কয়াবু মতৌ অশুম লেনখিদা
রাম-মিংথৈ নত্তনা থংদে করি অমত্তা
রামগী শক্তি অপুম্বা মমিংদবু হাপত্রবা
মাওম মাগী মিংথৈনা তুজুং-হরাও ফংহনবা
অচৎ-চত্তা লোইনমক লোম্নাইদবা খিবিক্তো
মুনিনবু শোল্লকপা মিংথৈ মানা য়ৌখিদে।
মতৌ অশুম তৌহনা পাপকী লাম্মী মপৈবু
তূম্না লোইনা তাম্নোকখি লৈহনখিদে পাপ্তবু
শেংনা লূনা লৈরবা মুনি মাগী তপোবন
উপাল-হৈপাল চাওবনা খোংগল্লিয়ে তপোবন
মুংশিং-নিংথৌ মহাকম্ব লিরি লিরি শিত্তুনা
নামিরবা মিংথোলবু ফংল' মুংঙাই লৈজৈনা
নোংমা কোরৌ মুমিত্তা তমসাগী তোর্ব্বান্দা
পামেল-উজাও মথোংদা ফমহুনবু লৈবদা
রাম-মিংথৈ শোল্লিদুঙে পুক্রিং-মকা লাম্নিদুঙে
খোদোক অমা থোকখিয়ে মুনি-মাংদা অহুদুঙে
পামেল-উশা অমদা ঙান্নু থঙোং তুমা'মা
মুঙেঙাল-চিলওক্লরিদুঙে উথোকখিদা ব্যাধ 'মা
ব্যাধ মাগী তেজৈনা থঙোং নামা পানখিয়ে
থঙোং তম্ন রাম্ফখি ইরোয়্নংদা ওনখিয়ে
থঙোং থমুং কাওহনা অন্না-ইফুৎ কাওখিবা
মুনিদেব মহাকী লকাম্নুংদা য়ৌখিবা

খংহৌদেদা মতমবু থুনা তম্না য়ৌখিদা
খাইনা-মৈচাক-লাংলবা খজোং-মিৎম্না অম্বুদা
চেম্বুরকপা পীরাংদি পীথম্নিঙাই খংখিদে
তমসাগী ইচেলগুম লোই-থম্বা নাইখিদে
মুংশি-পম্বুং খুদম-য়ৌ তিম্নরম্বা খজোংনি
মুংঙাই-পীরাং থমখিবা অঙ'কনা মুংঙাইনি
মুংশি লময়ৌ লমহেনবী মানা ইপাথবদি
মুনি থম্মোই পেৎনৌবা য়ৌই পানা থুম্বদি
তেংথা নাওইজরিবা খজোং মানা খুদক্তা
চিংনা চিংনা য়েংহনা লৈখি মুনি তম্পাক্তা
চেক্লা-মতৌ উবদা খাঙত্তমখিদা মুনিনা
থবাইশোক্ল য়াম্রানা তৌখি শাপ্পু খিন্দনা
হাই হাই পাপী শাদানবা চেক্লা তুম্বা অসিনা
মুঙেঙাপ-চিলওক্লরিঙে হাৎপা মুংশি হৈতনা
য়াইফরম্ন শাদানবা কুমজা চাদা থিহনা
মতৌ অসুম চৈহনা 'মা নিষাদ' বাহৈনা
হৌখিবদি শ্লোকপু ফাওখি জগৎ শিন্দুনা
হীরৈমানা স্বয়ংওই চোংথোকখিদা মুংশিনা
মতম অসিমক্তদা মুনি মাগী মনাক্তা
তাইবং-য়াইফ-শিম্বা-ওই নারদ লাকখি তম্নদা
নারদ মুনি উবদা বাল্মীকিদো থুরুমখি
দণ্ডবৎপু শাংনা তা ভক্তি তম্না কৎচখি

শ্লোক ওনবা থোকখিদ্রে অমুক হন্না ঋষিকোকখি
নারদ মুনি মখন্না অর্থ হংলা হংখি
নারদ মুনিদেবনা অর্থ তম্না তাকলে
শ্লোকসিগী ছন্দদা ৱারিক লেংগে তাকলে
অযোধ্যাদা রাজনা পোকুনবু পাল্লিবা
ৱারিপুম্বা লৈহুনা তাকখ্রে নিংথি ইনবা
দশরথ নিংথৌগী নৈমা অহুম্ লৈখনে
রাম-লক্ষ্মণ অনিনে ভরত শত্রুঘ্ননোনে
মচা মনি পোকুন্না মুংঙাইনবু পামজম্মী
নোংদম থিবা থিথিনা লুংতাই ইথৈজম্মী
নিংথৌ মচানুপিসি নারায়ণ-না থারোক্লি
লক্ষ্মীদেবী ইবেম্মা সীতা ওইনা থারোক্লি
জনক-নিংথৌ কোন্নুংদা তুমিৎ-থাবু ওইরম্মি
রামচন্দ্র-পাম্বোমগী মনা ওইনা লাক্লম্মী
অহল ওইর নিংথৌনা মচা অহল রামবু
নিংথৌ হাপকে থৌরাংখি য়াখি মরাম অহুবু
অহুমদি ওইরগা মন্থরাবু হায়দবী
ভরতকীদি অয়োকপী শজা য়োনা থিরবী
মহাকৌদি পুজিম্না রামচন্দ্র ইবুঙো
চহি তরামথুবু বোন্না চৎখি ইবুঙো
মপা-নিংথৌ রাজনা অপামপাথং ইহুনা
সত্য-ঙাকপা জেবাগনি থাদা-দুংগজক্না

সীতাদেবী লক্ষ্মীনা মন্নুরোইবা শোকলখি
মনাওবুত্তেঙ্গা লক্ষ্মণনা মাচুং লেমা কবাখি
মতম থরা লৈরগা লঙ্কা-নিংথৌ রাবণনা
রামবু নমথাক তৌহনা পুথি সীতা হুহনা
য়োংয়াম গুঞ্জা ঙাক্লবা বালী-নিংথৌ হাংতোকখি
মনাওনিপা সুগ্রীব তাংবল থক্তা থাজংখি
সুগ্রীবগী মতেংনা য়োংয়াম তৈঙ্গোল পুরগা
ইশিং-ইপাক লান্দুনা য়ৌথি লঙ্কা ময়াথগা
সনাপুংয়োন লঙ্কাদা কুম্নগবু রাঘবনা
রাবণ নিংথৌ লানবিথি শাগে তূম্না চাৎতুনা
মনাই রাবণ লাল্লগা সীতাদেবী পুরকখি
অযোধ্যাদা তন্নবু হল্লকুনা পাল্লখি
মতৌ অস্নম নারদনা রামগী চরিত লিরম্মী
বাল্মীকিদি মুনিনা থরাই য়াওনা তারম্মী
মখিংতমক থংলম্বা মওং-মশক নাইদবা
হরি মাবু শরাইনা উনিংবগী খোয়াংবা
কোক্রে থুমা থন্দুনা মুনিদেব হয়াওখি
নারদ মুনি তম্নদা তৌবিমলবু কোংদোকখি
নারদ মুনি লেংখরে মথন্তমক চাইহৌরে
চাইহাক পুজোই লৈরগা কুপা মচাল কাওররে
খোর্জেঙ্গ থুম্বা পায়থখলে মাদো মুকফু থাহনা
চাইবং-লেম্বা মবুংঙ্গো রাঘব মাগী মওয়া

ছৈমাং ছৈরেংলদুনা মাগী চরিত ইথিনা
খুরুমজখি রামদা থরাই মঙা কত্নুনা

৭

শ্রীরামচন্দ্র ইবুঙো মাগী পুন্সি অসিদা
অরা পীরাং চেনবদি পোইবা ইনাই নাইদেদা
মতম থরা লৈরগা প্রজা মপুক কত্তবা
থরগীবু রাহৈনা থোরাংখিনে রানবা
নিংথৌ ওইবা মহাক্কী মথৌ কৈনো হায়রগা
প্রজা পেম্মা তৌবনা মথৌ ওইয়ে থল্লগা
লৈরিববু রাঘবনি নিংথৌ-মথৌ তাক্লবা
তৌরকপনি অবতার থংই মচু অচুম্বা
প্রজা কত্ত থরনা থনখি সীতা অচম্বী
রাবণক্তা লৈরবী মতম কুইনা লেল্লম্বী
রাবণ-নিংথৌ থুৎকনবা মাগী মীওৎ-মৈশাদি
করম হায়না থিংলিনি মুপীনিদো মহাক্কি
রাম-সীতা অনিগী মিংচত্তবু হামুক তৈ
থিনা থিনা ঙাংনবা চাখিদকো মনাতৈ
প্রজা-পেলহন-থরাইপান রামচন্দ্র ইনিংথৌ
মশা-লূবী সীতাবু বোন্দা থাখি ইনিংথৌ
বাল্মীকিগী মনাক্তা থনম্লগা লম্মন্না
থরাইশোক্না হন্নকখি রামচন্দ্র মনাওনা

মুনিদেবগী আশ্রমদা সীতাদেবী ইবেম্মা
রঘুশাগী চাক্কবা লব-কুশ পোকখিমা
মপা-মশক খংখিদে মুনি মনাক্ লৈদ্রুনা
খুজু-খুংলাই তমখিয়ে রামায়ণবু শক্তুনা
রামচন্দ্র নিংথৌনা অশ্বমেধ যজ্ঞবু
তৌরববু মতমদা বার্তোন থাখি মুনিবু
মুনিবর বাল্মীকি কুশীলব অনিগা
যজ্ঞ-লৈতেং ওইরখি শকউনখি রামগা
মুনি য়াথং তুংইন্না অঙাং অনি অহুনা
রামচরিত শকখিয়ে শোকখি রামগী থম্মোইনা
মতৌ অস্রম তৌহুনা রামলীলা তেংবাংখি
তপোবন্দা চাওরবা কুশী-লব মহাক্কী
মতম থরা লৈরগা রামচন্দ্র নিংথৌনা
সীতাদেবী লৌথহকে হায়নবুদি নিংহুনা
বাল্মীকিদা পাও থাখি মুনিবর তম্রবু
জগৎ-মাতা পুরকখি সভায়াইদা মমাবু
ওম্থোকপনি ওম্থোকপা তায়োম্রবা বিধিনি
নরাবতার রামনা ককপা ওমদা বিধিনি
জনক-মমোম জানকী খোংথাং থাংবা য়াখিদে
সভা ময়াই য়োবদা লেপ্পবুদি য়াখিদে
অমুক হন্না জানকী মৈহুং চংবা তারম্রে
মহু রাবু তাবদা সভাপুম্বা হারম্রে

বাল্মীকিদি মুচিবগী মহুমেতাপী মিতত্ত
থুগাইনিঙদা লৈংমা করিমজ হায়রগা
মতৌ অমুক তৌরিদৈ সীতাদেবী ইবেমা
পৃথিবীবু কোরকখি হায়া ইমা ইবেম্মা
কয়া কুইনা রাখোদগে মতম লাইবক থিবীবু
পৌশিনবিরা ইমা-ও নপোম পায়না শোনবীবু
ওমজররোই চাং লেবা কোয়না কোকপা লৌবদুগে
চিংনগনবা ত্তাইবঙিন ঐবী মত্রে মকন্দে
মমোম-য়ায়া তেংথায়োন পুলপ পুমা চংতুনা
পৃথিবীগী থম্মোইদুং রৌশিরগী মিজনা
সীতা-প্রেম পৃথিবী হুমারমদাই কাললম্মি
পাক্কা লাউমা চেকথাইরক মমোম তমাং লোর্জম্মি
মতৌ অমুক হুৎম্যাকি মমা-মাক্কা দেবীম্
রামপ্রভু মহাক। অশিমেদা উবনু
অহু মতুং লোকপাল রাঘবকীম্ হুমাদা
মরম থুম্মা লৈবমা নারায়ণবু ইঠেখদা ॥




মাইরবা

